মোং.খোম্বম শ্রীবীরেন

# মসিনা ইঙ্ফালগী ৱারীনি

ডি

ইউনিভর্সেল লিটরেরী এসোসিয়েসন, মনিপুর
ইম্ফাল।

অফোঙবাঃ
ইউনিভর্সেল লিটরেরী এসোসিয়েসন,
লমলোং কৈথেল, ইম্ফাল।




অহানবা ফোঙবাঃ
১৯৭৮, জানুয়ারী।

নমফমঃ
থোংনাংথাবা প্রেস, লমলোং কৈথেল।

ফংফমঃ
ইম্ফালগী লাইব্রিক য়োনফমশিং।

মমলঃ
লুপা ৩.৫০

য়াওরিবশিং—

**য়েংবিগদবা**— লাইরিক নম্বদা কেনা নান্না পুথোকপা হায়বসিসু লাইরিক্কী মগুণ অমনি। অতুবু হন্দক্কী লাইরিক অসিমদি বানানসু ছাপা নম্বদা খরা লাম্থোকখ্রে। লাইরিক্কী মশকসু থীবা য়াবমখৈ থীদোকখ্রে। মসি অইবসিগী হকচাং ঙমদবদগী য়েংশিনবা য়াংহৌবনা থোকখিবনি। মসিগীদমক্তা পেন্দবা য়াম্না থম্মোয়দা পোকলে। পাবিরিবশিংনা ঙাকপিনবা নোল্লুকচরি।

শ্রীবীরেন

# ঐগী শৈরেং

অতৈ বাক্ম অমা লাকক্রিবগী মমাঙদা হিংবগী বাক্ম অসিনা ইহান হান্না ঐখোয়দা লাকই। "ঐ হিংদবা য়াদে; ঐ হিংদবা য়াদে। চুম্মগী অচম্বা মহিংদগী থবদং লেনবা তুহৎপিব্রবা (অনত্রক্মপ্লোইটেদ) মহিং অমা মীওইবা ঐখোয়না ভংপ লৈতনা তাম্নরক্লি। অসিগুম্বা মহিং অসিদা মশানা চেংজরকই—ইশাবু ইশক থঙনা; জাতি অসিগী মশক থঙনা অমদি ইজ্জৎ লৈনা হিংবগী বাক্ম। ফিভম অমদবু ওইরে, অমদবু ওইরে, 'হিংমনবগী' লানথেংদা হনবা নাইদে; মাই পাক্লবা নত্তে, লানথেংনদবা মাগী লানথেংমকনি। মীওইব ওসিন্ন লাল থেংনরি; শিশাকস মুং ওসিন্ন ইনথংলি। পুনসিগা য়াইদগী নক্লবা হিংবগী ফিভমনা অচম্ব ইনোসেণ্ট ওইবা লনাই থবায় অমদা অমদি জাতিগী অপুনবা পুনসি অক্তমদা য়ৈয়কপদা মচিন থোৎবা ইন্দ্রিনা তুমিন্না লৈথোকপা থক ওমদে—মওং অমদবু ওইরে, অমদবু ওইরে রিএক হেক্তা তৌরকই। মতমফুদা থোরকই— মথল অমগী দৈশে, মথল অমগী মুর্ত্তিশিং মথল অমগী লৌন্দ (ইজিয়ম) অমদি মথল অমগী মীহুংশি (হিউমেনিজম) মসিবু ঐখোয়না কন্না কৈৗবা ওই। হিংবগী ফিভম অতুদগী মোরেলিটী অমসুং কলাগী মশক তাকফম থোকই। কলা—তাবদা নুংঙাইনবা, য়েংবদা নুংঙাইমবা, পোথাবদা নুংঙাইনবতা নত্তে; হিংবগী ফিভমবু মশক মুন্না থঙনা হিংবনি। অহুনা সমকার ওইরিবসি কলাগী অচেৎপা নিয়ম নত্তে; পুনসিগী য়াইদগী নক্লবা শক্কতুনি।

ওসি ঐখোয়গী কবিতা মুক্তি মংত্রি, মশা লেংত্রি; মরমদি ঐখোয়না হৌজিক হৌজিক মাইয়োক য়ারিবা হিংবগী ফিভমদগী থোকপা কবিতাবু ঐখোয়গী কৃতিকশিংনা শকথঙবিত্রি, কনানসু থৌশানত্রি, মাইয়োক

য়ারিবা হিংবগী ফিভমদগী হকথেংননা থোরকপা নত্তবা ফজনবা শেম্বা ৱাহৈংগী লৈতেংদগী নানথেকপা ঙমদ্রি; মশা শেংদব লনাই ৱাখলদা অমদি কলাগী হায়গী চৎনবী নিয়মদা নপ্তুন লৈরি। পুনসিদগী লাপ্পা লৈবা অৱাংব', লাম্ব ফংদবা কলাগী মশক অতু ঙসিদি ঐখোয়গী দরকার ওইদ্রে। ৱাংমা অসোমগী মপাউ তারুবা শংদ্রে—মফমসিগী তানবা খঙনবা হোৎনবদা, থোংগুনমেলৈ নাপু মচুগী সংসারদা ঙাওরুবা ঙমদ্রে হিংনবা হোৎনরিভৈদা। য়োং মপাক অমদ নুংথং অমনা ফুরুবদা মখোন থোকতবা ঙমদতুনা থোকপগুম চেঙগী চাকী হৱাইগী থ্মগী থাউগী শীংগী তিলহৈগী মমলদা হিংনবা লাল থেংনরিবা ঐগী অকোয়-বদা লৈরিবা মঙাল য়াওদ্রবা, মশক মচু থোকত্রবা মীচম কয়াগী, মশাগী ইজ্জৎ ঙাক্না হিংবা ঙমজদ্রবা, পুনসিবু মাইয়োক য়াবমকম্ব ঙমদ্রিভৈদা মতমগী শাফু কয়ানা য়ৈথ্বিদুনা হিকথদুনা তারবা মীওই কয়াগী, অকন-বশিংনা ইনাকখুনবশিংনা তুহৎপিরবা পুনসি কয়াগী হিংবগী ফিভমদা রিএক তৌদবা ঙমদতুনা তৌবদা মখোল অমা থোকচরকপগী ৱাদনি। ঐনা থেংনরিবা ফিভম অসিন' ঐবু নমতুনা ঐনা ইরিবা মওং অসিদ' ইহল্লি; ঐনা শাগৎলিবা মুর্তিশিং অসি শাগৎহল্লি; ঐনা শিজিন্নরিবা লোন্দা অসি নমতুনা শিজিন্নহল্লি। ৱাফমসিমগা থম্মোর য়াম্না শেংনা হায়জবা ঙম্মী—ঐনা থেংনরিবসিদা ঐগী হিংবগী ফিভমগ' মান্ননা হিংলিবা মীওই খুদিংনা শোয়দনা থেংনগদবা শরুক অতুদি শোয়দনা য়াওরি। কন্না চেল্লিবা বস, ত্রক, কার, স্কুটর, রিক্সা, একাগাড়ীগী খোঙথাংগী সুরদা, মীনা ক্ক ক্ক ইন্নরিবা হোটেলগী কপ প্লেট তক্লবগী ছন্দদা অচম্বা ঈশৈ অসি ঐনা শকলি। অতুবু থনুংদদি ৱাহং হংলি—য়তম মতমগী হোংলিবা হিংবগী ফিভম অসিগী মনুংদা ইশাসি থ্মনা থিংজিন্দুনা লুপশিনলগা ইশাগী হকচাং কয়াং খুদিংদা থেংহন্দুনা ইশাদা মপুং ফানা ফাওহন্দুনা মতৌ করম্না রিএক তৌরগা অশেংবা অচুম্বা কলা ওইগদগে ?

**নোংথোম্বম শ্রীবিরেন**

ইমা

কনানা হায়রিবনো ইচাদা
য়াওত্রে হায়না পুন্সিদা পুন্সি
*
অনৌবা সুমিৎনা
খোৎনা :মেঙনা খোকলি,
শন্দোক্কুনা মা:লেম শীন-খুংনা
অনৌ অনৌবা মঙাল।
লাকলি মৈতৈসুপীনা
চাওন্ চাহুনা
শেংনা অরু অরু ইরুজরগা
চন্দোন মরেক শেংনা থিন্দুনা
য়াম্না হাওনা পানা শাম্নর শায়রহুনা
মকা কম্। শাৎকায়রহুনা মাইথোং থম্বাল,
গম গম
থাংলকলি মখোঙ।
লাইয়িংথৌ খমলাংবা
লাইরেনমা লাইখুলেম্বী
নিত্যানন্দ প্রভু

মপা ম্নৌবদা চপ লেপ
মকোক নোন
মথুৎ অনী ঙা মওং শা
খোইদৌ মপাদা থম
মমিৎ চেৎনা ঊইশিন
মচিন্দা মুরুম মুরুম শোন
শিন্নজরি মপুন্সি মচাগী মরাগী মশাগী।
তন্না অমুক্ চৎলকই
গম গম।
পীজরম্নবনি ঙসিগী চরা
মরা মপুরোইবস্তু মচাবুস্তু
অরৈবা থরা থোংতুনা
অয়ুক য়েন্দা অঙনবদা হৌতুনা;
অতুদগী থোরকলি
কোক্তা লুথোং পুতুনা
হোরেনগী হয়েংগী চরা তান্বা
ঙরাংনা ঙসিবু খৌরাংনা ঙাইজরি
হৌজিক্না হোরেনবু
ঙসিনা হয়েংবু
তরাম্না ওকচরি
অহোবা নৈতনা শম্নগ্রি মরি মরি
পুন্সি হায়ববু মসিনি।

পেৎপেৎ পেৎপেৎ
পোৎপোৎ পোৎপোৎ
তিৎতিৎ তিৎতিৎ
কুংকুং কুংকুং
ঙ্অং-ঙ্অং-ঙ্অং-ঙ্অং
রারা রারা রারা
পেৎপেৎকুংকুংপোৎপোৎতিৎতিৎ
রারাপেৎপেৎতিৎতিৎকুংকুংপোৎপোৎ
রারারারারারারারারারারা
সাইকল রিক্সা স্কুটর
সইকল রিক্সা স্কুটর
বস ত্রক কার
বস ত্রক কার
মীয়াম মীয়াম মীয়াম
থুরক হাঙত্রবা মীয়াম
চেন্থরি শাংফু কম্না ঈচেল
চিক্না চায়নবা ঙমদনা,
ফৎ ফৎ হেনগৎতুনা থাংলি
অথুবা খোঙথাং;

উংথৎলবা তপথদ্রবা শৈহেকসিদা
তারি অমস্থ,তারি ইংলবা শৈহেক অমস্থ
শরুকপা চিংমুংগী সনালোক্তগী
শাবী ইনেমচানা।

শোমদনা,
পৈখৎলকলি চ্যেককী মপৈ
নুংগী মপৈ; মপৈ মপৈ;
লোনখৎলকলি মরোন্ মরোন
কোকথক্তা লেংবান্দা নঙ্গন্দা থবাক্তা
চেংদাইবীশিংগী ঙায়োনবীশিংগী
হৈয়োনবীশিংগী থাঙয়োনবীশিংগী
ম্নেন্সাংনাপীয়োনবীশিংগী ফিয়োনবীশিংগী
চনাবোরায়োনবীশিংগী;
পুম্নমক বীলামাতি ভোংলবা
চ্যেকতেক চ্যেককুপশিংনা নন্ শিন্ খ্রে

য়েংঙু য়েংঙু
তকখায়রক্লে তুউ তকখায়রকলে
লাউখোংলদুনা ঙংলদুনা
থৌজিনলকলিবা ত্রেক্তুর অসিনা
শরু শয়াং থুদেকরক্লে
হিকথরকলে শায়েং পাম্বোম
ঙমগদৌরিব্রা মায়োকয়াবা
শাফু কনলবা ত্রেক্তুরশিংসে
মাইকৈ তরাদগী থৌজিলকলিবা?
ঙমদ্রেনে নচাদি তাজবা
মরক অসিদা
ইমাগী নুংগী কাইদ্রবা ঈশৈদো

ইমাগী ইবুংঙো নুংশিবা
ইমাদি শক্তি ঙসিসু
নুংগী কায়ত্রবা ঈশৈ
কোম্বীরৈগী হকলবা সুরদা
য়েংঙু আদগী অহিংবা থরাইসে
পুন্সিবু কয়াদা তরাম্না লৌশিন্নলিবা

চেঙদাইবীগী শঙশাংদা
চহি য়াংখৈগী মমাই খুইরবীসিনা
ভেনিতি বেগ খুৎতা পায়
মোইরাংফি চনবা হক্সামপান ফনেক শেৎ
শারি ফিইন্ ইন্
নাইন্দা নারাওবী হৌজিককালগী য়ান্
কোলেজ ছাত্রী শারি
অমনা সাইকল অমা তন্ইন্ ইন্
পাখংবু শা
নুজাগী খুদাং পায়
নুংশি পাউহং
ফেন্সি ড্রেসপু তৌরি;
কালেনগী নুংশা অয়াকপা
প্রোক প্রোক চাক্ক শারবা
খাংলি অসুম্ন।

অদুগা অমুকন্ন তাও।
থীনা চৈরিবসে
হৈশিংলবী পোৎলৈবী মতমগী মৌনহাসিদা
শেলহুন্ নাতৈ চাদবগী
"চয়োহৈ
কদাইদগী অঙাওবীনোনে সিবো
নব্বাদগী লৈরুচো হুদি"
চুমথ্রিংনবা পুকচেলনি
কিদবা কনা লৈ।
অদুবুনে ইমা য়েংঙু শোমদগীসে
লাকলে তুউ শেন্জাও পায়বা
শেনহুৎ মাঙবী পৈশা হুনবীসে
অচৌবা শেনগাও য়াম্থরদুনা
থ্রাক থ্রাক
লুপা ১০গী লুপা ৩০ থোবা
মাগীনা চ্যেক্কী দলান্
অঙোবা অথোৎপা মৈতৈ চেঙগী চাক্
হাউরবা মথেল লুকোয়
অদুগা
ইমাগীনা য়োনবদা শিংহৌদবা
অকংবা শৌগি্রগা ঙারি মতৎকা
অয়েনবা চেঙ্,
কালেনগী প্রোক প্রোক চাকপা সুংশাদা

পোৎফমদা থরো থরো ওন
মৈশাদা প্রোক প্রোক [illegible]
মরূ নূং তকপা।
করিগীনো অস্থক খেম্নম্নিবসিবো
করিগীনোনে মসিবো কম্নিগীনোনে।
লাক্লিবসিবো মরূপ্পা য়েরুত্রা ?
অদুগা অমুকস্থ য়েংঙু—
য়াকলবা মুংশাবু ফি খন্দুনা খাং
পোৎফম মচি অমদা ফি মতৎ অমা থা
হিপহল্লি মচা পীশকপু হুমাং বূব্র শোনা
মথাদা পিথকলি খোম মপারি মমোম্বু
পোৎ তমথোক তমশিনগী
শেল হন্দোক হঞ্জিনগী
মমল হুন্দোক হুঞ্জিনগী
লাঙলবা ঈপাকতা তিনখ্রি।

ইমাগীদি নৈতে ব্রাহং
ইমাগীদি থক ব্রাকৎতে
অদুবু হিংবদ মতিক চারিত্রা
"কমদি তৌনি
পুম্নমক ঙহালমপোক্কি ফলনি
লাইবকতা তম্বম্নবনি"

অদুদি ;

"ওক্তবী [redacted]

মশমসি কোগোক কোক্না ফোয়দুনা

কৈথেন ময়াইসিদা খোঙগোইনগদবনি

মরাইবকসিদা খোঙপাকসিনা নেৎকদবনি

ওক্তবী ইকাইদবীসিগা"

নংত লমচৎ চৎলমবগী

থানানা ফাত্নুনা পুরকপী মোনহাদুদা

তিন শিৎচিনলি লোইনমক্না।

অদুবু

মাঙব্রেনে ইমাগী চুমথ্রিং চৎপা পুন্সি

যানশিনথ্রিবা অঙোবা মরিলবু উদুনা

থুদোংচাবা লৌব্রে;

নোংমা মিং চনশিনবিব্রে

হৈশিংলবা মতমসিগী লাই অমনা

অঙাঙবা অমুবা মচু মচুগী কাংলুপা

ঐগী মীগী থায়ব্রে হৌজিক্তি

লোইনা ওৎথায়রে

লোইনা নৈথায়রে

লৈরমখিগত্রা অঙোবা মচু দো ঙসিসু

অদুবুনে পারি ইবুংঙো

দুংগী মুংশিৎতি শেংলি

ঙৌরোক ঙৌরি

তগং তগং তেকলি

অয়ুক্কী কোয়ৌহনবগুম

নম্বূল তুরেলনা চেনথরি

ইঙনা তপ্লা মখোল থোক্তনা

এলেক্ট্রিক থাউমৈনা তুমিন্না ঙালি

থবানমিচাক্লা অতিয়াদা থোকলি

থোং নম্বোনবী মহারানী থোং

তুমিন তুমিন লৈরি

সুমিদাং থেঙজিনলক্লবদা

ঈশিং ঈচাউনা জর কংথখিবগুম

মীগী ঈচাউদো কংথখি

ইতাক তাকখি

মীনিলগী ঈরাওখোন্‌,

সনা কৈথেন সুংশিবা

ঈচিক চিকখি

মখোয় তরা কুন্দা মঙায়হৌরে

পোদোন মৈরা চাউনা চাউনা

তরক তরক

মতাই অমদগী মতাই অমদা

"হো ইনম্ম চৎলসে লোইরব্রা

থেংব্রে"

"লোইরে লোইরে ঙৈহাক্তা ঙাইখো

পোৎসিমতা পুশিনহলনীমখিগে, থোরকলো ।"
মচি অমদগী মচি অমদা কৌনরি
"হা ইচে," "হা ইন্দোল"
" হা ইনে, " "হা ইমহান"
পোদোন মৈরি চাউনা চাউনা
মরি মরি মঙা মঙা
পুন্না পুন্না কৈথেন কুমলি
কনানা পৈশা পারি
কনানা মচা মরাগী রারী শারি
কনানা খৎনবগী রাকৎলি
থম্মোয় শোকনা !
"নহোইগীদি চাক লোইরম্লদ্রা?"
"কদাইদগীনোদা, ঐনা থোংলুখিদৌরিবনি ।"
"মপাদি থোংবিলাকপিদ্রনে ?"
"থোংবি অদুদা
থোংনবা মচাক্তি ঐঙোন্দা লোইনা য়াওরে
করম্না থোংলুনি,,
"অদু ইনম্মা ইন্দোন্ ইমহান্
ঐগীদি য়ৌরেদো লৈহৌরগে চৎলোকো"
"চঙঙো চঙঙো কিগদ্রা নঙবো"
"করিগী কিরুদগে, কিদে কিদে ।"
ঙাঙনা ঙাঙনা চঙনখি

পোদোন মৈর পুহুনা।

"হা ইবেম্মা; হা ইবুংঙো
নহোই ভুম্লত্রা
ইমা লাকলে খোঙ হাংঙো:"

"ঐখোয় ইমা লাকলে"
"ঐখোয় ইমা লাকলে"
ইরাঙ লাঙনা খোঙ হাঙদোকই
মচাশিং কন্ কন্ চোংখোকই,
ইকোয় কোয়না
কৈখেন চমোক পুখোক্তুনা য়েন্নি
"সিনা নঙগী, সিনা নঙগী, সিনা নঙগী"

## মসিন্দা ইস্কালগী ৱারৌনি

ঐগী নুং চনবা লৈমাই
ঐগী নুং চনবা ফুটপাট
ঐগী নুং চনৱা কম্বাক
ৱা ঙাঙদি
ৱাহৈ অমদি
খোজেন অমদি বৈ
ওঃ খোজেন খোজেন খোজেন
চাক্কবা থম্মোয়গী খোজেন
সুংশাঙ্বর থবেৎ থবেৎ হোল্লি
চাকথেকলবা শোইহংপিরব' ভুহৎপীরবা
থম্মোয় করানা
ৱাকৎপা হৈনদচুনা
ঐগী শামু মখোঙগী
য়োংকী য়েলিং অসিদা
কোম্বুনা থাঙলরি
নোং ঙানবদগী মুমিৎ তাবা ফাওবা
মুমিৎ তাবদগী নোং ঙানবা ফাওবা
কপদ্রি ঐ

খল্লুরগা কপলি ঐ ঙসিস্ত
লূনা চেৎনা থমজবী কোম্বীরৈ অমগী
লৈকা শেৎথশিবদা
তমথীরবা হোটেলদুগী লৈমাইদো
ঈনা পুমঙাঙ ঙাঙনা চাইথখি
মতুদা হোটেলগী মেনেজরনা ইরেঙ লেঙদ্রবস্থ
পাপ চঙদ্রিবী থুঙংলৈরাংদুগী খোঙনা খাংবা ঙমদদুনা
কন্না নেৎশিনলকপগী চৈনাখোন
ঐগী থম্মোয়দা পানখি
মদু ঙসি ফাওবা কোক্তু
অদুবু ০
করমদি তৌনি
পোৎ তমথোক তমশিনগী
পৈশা হন্দোক হজিনগী
মীনিলদা তিনখি ঐগী পুন্সিনা

ঐগী পুন্সিগী রারীদি
খঙদবগা অখঙবগা য়েৎশিন্নখিবগী রারীনি
খঙদবনা অখঙবা ওনখিবগী রারীনি
খঙদে হায়বা খঙদবগী রারীনি
পোৎকী মমল অশেংবা লৈতবগী রারীনি
মীগী মশক খঙদবগী রারীনি
খঙদবা পোৎতা রা য়াম্না ঙাঙবগী রারীনি

ঐনা খঙদবদু খঙদে হায়দোকপা ঙম্বগী
থৌনা লৈতবগী য়ারীনি
মমাঙদা চেনখৎপা হৈতবগী য়ারীনি
শাউরগা ফোংদোকপা ঙমদবগী য়ারীনি
মানা ঙম্বদু ঐসু ঙম্মী খনবগী য়ারীনি
লাইর চুদৎনবগী শেৎপা চাবা ফংদবগী য়ারীনি
চরা হেনবনা পুক তৎলবসু ঐনা
খঙলোই নঙ ঐনা চৎথোরকপদা
ঐ চরা হেল্লি হায়বা
য়ারীনি মসিগী
মীনা শা ওনখিবগী য়ারীনি
অদুবু নঙনা হংলবদি
ঐগীসু ময়েক্তি শেংদবা অপাম্বা লৈ
ঐসু ময়েক্তি শেংদনা মঙ মঙঙি
ঐ ময়েক শেংদনা শাউবা হৈ
মীমায়বা ঙমত্রবা নীংবা থুংত্রবা
খওইবিত্রবা
নোংশা পাখং অমনা
নোংমা হোটেলগী কেবিন মনুংদা
পুঙমত্রবা মথম্মোয়দু লোইনা হাংদোক্লনা
মতম কুইনা চাক্লবা
মৈতাল অরাবশিংদু লোইনা হৈদোক্লনা

শং শংদুনা মশিংগা খোকথৈ
ভাঙহৌই য়াম্না
শাউরবা মখোঙছু কম্না কম্না থাংদুনা
কম্না কম্না নেৎতুনা
লাওনা কান কান্নুনা
ঐগী ইথক্তা চৎখি
সুংশাস্বর ফ্ইনা হোন্দ্না
ঐনা থা চিক্ত্না মিৎ চেক্লেং উইশিন্দ্না
পি ইরা চেনবমথৈ
চৈনাখোন্দ্ থাঙখি
মী চিক্লক্লবা
অহিং নোংয়াই চবুক্তা
কৈথেন লাইরেম্বীনা মৈরা চাউনা চমছুমা
কোয়না চৎলগা
অতৎপা লৈতনা মমিৎতগী মপি শিন্থুনা
হিক হিক কপ্ত্না
মাঙগ্রবা মপারিবু থিরি

স্যুট টাই
খোঙউপ খোঙগ্রাউ
কার জিপ স্কুটর
কয়াদা শজরিবা

মীদা! মী গনদেবতা
পূমহৈং হৈরবা অহোবা মচেৎ য়াওদ্রবা
মীওইবগী সমুদ্র
মফমসিদা পূল্লরিবা
অহাঙবা অহোবা শরুগী পোলাং ওইনা উদুনা
য়ুমজাও লাইরেনবীনা মশম থাদোক্তুনা
ও খোংনা কপলি
মখোঙ মপুৎ শৎ তিংথোক্তুনা

মীয়ামগী সমুদ্রগী ইরোলপুংদা
মীনিলসিগী মরুমদা
ঐনা রা অমা হায়রি
ঐনা খোল্লাও অমা লাউরি
ঐ থাঙবা ঙমদ্রে
ঐ থাঙবা ঙমদ্রে
ঐগী নুং চনবা থবাক অসি চেৎথায়গদৌরে
ঐ সুংশাস্বর তপ্পা হোনবা ঙমদ্রে
তৎকদৌরে
ঙক্লিদি ফুইনা ফুইনা হেংল্লে ঐগী থবাক্তা
ঐ কদাইদা লৈরিবগে হংলকপু
ঐগী পব্লিক ওপিনিয়ন হংলকপু
মীয়ামগী অপাম্বা

মীয়ামগী খোল্লাঃও
হংলকনু
ঐগী থাজবা অচুম্বা ফজবা
অপাম্বা নীংজবা আশা
পূম্নমক মনিল ওনথ্রে
মুংথিলদা মঙলাক্লরি
থবক তৌবা ঙমদবগী ভুটনা নমলি
ঐনা তত্তনা হংলি
গান্ধীগী মূর্ত্তিসিদা নূংগী
নঙবু য়েংবা ঙমলিব্রা
য়েংবা ঙমলিব্রা নঙবু
অদুবু মাস্থ নূংনি
নূংগী মূর্ত্তিনি
নূংদা নূংনি
য়েস য়েস
দিস ইস দি দেড লেণ্ড
দিস ইস দি কেকটস লেণ্ড
মফমসিদা নূংগী মূর্ত্তিশিংনা
হৌগৎলি মফমসিদা মখোয়না ফংজৈ
প্রার্থনা অশিবা মপা অমগী মখূৎতগী
মূশি মূশিবা থবানমিচাক্কী তগুপ তরেংদা
য়েস য়েস

অন্দরদি হ্বিনকল ওফ এ ফেদিং ষ্টার
কুইনা হোন্দুনা লাক্লবা হি অসি
কায়ত্রে ঙসিদি
মচেৎ মচেৎ তাররে ঐগী ইথক অসিদা অকায়বা মচেৎ
হোয় চুম্মী নওনা হায়বা চুম্মী
য়েস
এ হিপ ওফ ব্রোকন ইমেজেস, হোয়ার ডি সন বিটস

চিংনরি
য়াখিগত্রা য়াখিগত্রা য়াখিগত্রা
ঙমখিগত্রা ঙমখিগত্রা
ঐবু ঙমগত্রনে ঙমগত্রা ঐনা শাগৎপা
ঐনা খোমগৎলিবা
মচেৎ মকায়শিং
পৈত্থনা লৈরিবশিংসিদগী
মওং তাবা মপ্লুম অমতং
মূর্তি অমতং
মপ্লুম অমতং

থেংলবা অহিং অহিংদা
য়ুমজাও লাইরেনবীনা কপলি
কৈথেন লাইরেনবীনা কপলি

নৈলবরেন শিদবীনা কপলি

মীওইবনা কপলি

ঐনা কপলি

ঐনা কপলি ১৫০

কনাগীদমক

মীওইবগীদমক

অকারবা মূর্তি মপৈসিগীদমক

স্নেংবিপদরা—

পরেঃ ১২০ দগী ১২৮— টি, এস, এলিয়ট; ডি হোলো মেন; ১৯২৫ (iii) কোল্লেক্টেড পোয়েমস্, ১৯১৭-১৯৩০।

পরেঃ ১২৯ দগী ১৩৩— টি, এস, এলিয়ট, ডি, ৱেষ্টল্যান্ড, ১৯২২ ডি বুরিয়েল অফ ডি ডেড"

## মতমসিগী বাখল

মীওইবগী মশক অসুম হোংলকপসিদা
হৌজিক্তি কিবে
খনবা মীওইবগী য়াইরুনবা;
মচুগী মহুৎতা
শাগী ঙাগী
তিনগী কাওগী
উগী বাগী
হৈগী লৈগী
মরম্দা খন্‌বনা হেন্না ফরে।

## চাকথুম অমগী রিপোর্ট

চেঙ ?

চেঙ লৈতে

মেঙ্গাং ?

মেঙ্গাং লৈতে।

থুমদি ?

থুমসু লৈতে।

মোরোক ?

মোরোক লৈতে।

শীংদি ?

শীংসু লৈতে।

চাখীনবা মীদি ?

মী তরা।

অমা লাকই

মনা য়েংলম্মী।

অমা লাকই

মনা য়েংলম্মী।

অচাং থরা শিথ শিথ কপ্পী

চাকথুমগী লৈরঙ,

ভইং ভইংডি;

ইচিক চিকই চাকথুমাঙ

## পুজি অমা

সুমিং খোরক
সুমিং তাখি ।
সুমিং খোরক
সুমিং তাখি ।
হোরেন করি চানি
হবেং করি চানি ।।
চেঙ হবার
খুম খাও
তারি তাতাই
অনা অয়েক ।।
সুমিং খোরক
সুমিং তাখি ।।
হোরেন করি চানি
হবেং করি চানি ।।
হৌজিক্তি চারে
হোরেমা করম
হবেংমা করম ।।

সুমিং খোরক
সুমিং তাখি ।।

## অনৌবা লমদম

লম অসি অনৌবা লমদমনি
মীসু নৈতে লাইসু নৈতে
কৈসু নৈতে ইহাঙ হাঙঙি

## সহরসিগী ৱারীনি

হিংদবা মাদে
ঐখোয় হিংদবা মাদে
হিংদবা মাদে হায়রুনা
মেছিন ময়াম অমা
মথবাক্তা ভ্যাজ ময়াম নপশিন্দুনা
লেঙ লেঙ চৎনা য়ৌ য়ৌ লাউনা
মরেং মরেং চৎলি কুককুক ইয়না
সিনেমা হোল মমাঙদা
ইম্ফাল সহরগী
মেছিনগী মীশিংদো
মমা শিবদা কপত্তে
মচা পোকপদা হরাউদে
ভ্যাজ বটন অমা নম্বদা
হেক্তা নোকই
হেক্তা শাওই
ভ্যাজ বটন অমা নম্বদা
হেক্তা মুংশি

হেক্তা মুংশি
হেক্তা মুংশিদে
ম্যুজ বটন অমা নম্বদা
হেক্তা থংনৈ
হেক্তা চানৈ
ম্যুজ বটন অমা নম্বদা
বা হেক্তা ঙাঙতি
বা হেক্তা ঙাঙদে

মেছিনশিংদো পরেং পয়েং চংলি
স্বর্গগী লম্বীদা চংলিবনি হায়
অমম্বা লোক্লুংদা কুমথৈ অসুম
কুমথৈ অসুম
মকোক পান্দবা মূর্ত্তিশিংদো
থম্মোয় য়াওদবা শক্তমশিংদো
অমম্বা মরক্তা লেঙ লেঙ চংনা
য়ৌ য়ৌ লাউনা পংচংতা চংলি
কুক কুক ইমনা পংচংতা চংলি
মকম ময়াং খঙদনা পংচংতা চংলি
স্বর্গগী লম্বীদা চংলিবনি হায়

হিংদবা য়াদে
ঐখোয় হিংদবা য়াদে
হিংদবা য়াদে হায়দুনা
থবায় য়াওনা য়াওনা
কোয়রৈ লৈনদুনা থৈন থৈনদুনা
উদি উনদনা অমগা অমগা
মহৈ মহৈ চৎলি পংচৎতা
পংচৎতা চৎলি পংচৎতা
অমুকন্থু থেংগাইনৈ অমগা গোং
হন্দোক্লদুনা অমুক্ হেক্তা চৎনখি
অমম্বা লোক্লুংদা হম্না হম্না
লৈন লৈনদুনা থৈন থৈনদুনা
থেংগাইনদুনা হম্না হম্না
চৎলি পংচৎতা চৎলি
উদি উনদনা অমগা অমুগা
চৎলি পংচৎতা চৎলি

## রয়ল পাৎকী কোম্প্রীরে

ঙসিদি মশাৎলুরগে হায়দুনা
নুংচনবা ফুটপাটতা থিনগৎতুনা
মীনিলদা মখোঙ লুপশিন্দুনা
লৈত লাইরবী মৈতাঁন্দা লৌথোক্লবা
রয়লপাৎকী খোৎলবী কোম্পী:র অমা
নোংজা কয়া ফুম্নবদগী চিংখাইদুনা
হাইফেৎতং শাৎতোক্লকই
কুহূ কুমেন খোক্তনা
অরা অনাগী ভেমথেংদা।

মরেক মহাও থোক্ত্রবা
ওল্লাংথাগী সুমিৎ অদুদা
বাউরবা মোৎলবা মমাইদু উৎলুনা
বাংলবা খোংনাং লুকোকপগী মুত্তোন্দুদা
লমচৎ কাম্নবা উমাইবী ফ্রাক্ক অদুদা
মশাদগী ঙানম ভৈথোক্লম্মী।
অস, লৈজনিংত্রেদা, শিজনীংলে
ইকাইবা খঙত্রবা লিচৎসিদি"।

সুংখিল পোবোপসিদা
মীয়ায়া চিক্লা চাইনবা ঙমত্রবসিদা
হোয়বা শাবান করবা লৌমুকসিগী
লৈনাংদা মমাই মমিৎ লুপশিন্দুনা
খিৎলুরিবসিবু ।

মতমগী লম্বেলদা
কৈনোমা তৌপ্রে অমম্ববু হরাওনা কোঞ্চুনা
সুংখিলদা পোবোপসিমতক্তদা
ইকোং কোংনা হেক্তা
অমম্বা অহিংগী মাইখুমদু উগুনা
য়াই থারবা লিন অমোম অদুনা
মবুক শিৎনা শিৎনা
চৎলরি নীংঙায়বা লৈতনা
পংথরবা মশাদু পুদুনা ।
নোয় পেন্নবা হকচাংগী
হমাং মনম নম্বদা
নৌজরিবী কোম্বীরৈদু
পৎখিং মিৎকুপ অমত্তং ।

মথংদা
চুদু থকলিবা অঙাংনা

মমাগী মথাদা
হৌনা হৌনা কপখি
শিথ শিথ।

ফিরৈদা শেল য়েপশিন্দুনা
য়ুমলৈমদু খোং খোংদুনা খোকখি
ইচোক চোকথনা
হোটেলদগী।

তাইবংগী অঙানবা মমিৎতু
উইশিনখি কয়া।
য়েংবা ঙমদ্রে হায়দুনা।

## অসুম্না অসুম হিংলে

ঙসিদি অসুম্না অসুম হিংবে
খরা ঙাং খরা চৎ
খরা চা খরা থক।

থাজবসু লৈতে
থাজদবসু লৈত্তে
ঐগী হায়নীংঙাই রা লৈত্তে
ঐগী খোঙলেপকম
অকক্নবা মফম লৈতবসিনি
ঐগী অরাবা।

হে মীওইবা
নোংমা লাকখি নঙ নয়ুমছু থাদোক্না
সমুদ্র তরেংকী জ্ঞান খোমজিন্দুনা
লাইগী মহুৎ শিনগে হায়না
অহুবু নঙদি খঙব্রে অনৌবা লম্বী
অহুগা কাউসু কাউথোকপ্রে
হন্নবা লম্বীসু।

লম্বী অসি ইমম নম্শিনগ্রে
কোইলাস লোনবগী মৈখুতনা
সহর ময়ামগী লম্বী শেম্রবা
শায়বা নম্থিরবা কোইলাস মহীপা
কংক্লকা তোৎনদুনা হৈথরকই।
ম্যুনিসিপালিতিগী মীনা
লাকই মুংতিগী
সহরসি শেংবদি
অতুবু মীওইবগী লম্বীদি মে'ৎশিল্লকই অসুম ।

মতম্না দাবি তৌরিবা
মীওইবগী অশেংবা দরকায়রুঙবু
তৌনীংঙি মুপা অমথক্লা।
অদুবু হংজৈ মশা মতোমতা
তৌদৌরিসিবু কৈনো হৌজিকপু ?
অদুক লুনা থনলুসু
পংথনসু থনলুসু
অমুম্না অসুম হিংঙু
হোটেলদা থরা ঙাঙ
লমজাওদা থরা চৎ
থরা লাউ খোংদুনা ।

হোটেলদা
মুপা অমনা কান্না ডাঙহৌই শংদোক্তুনা
কমজিনলবা ইম্ফাল তুরেলবু
ইপোম খরদং ৎৌরকপ্রা য়েংহৌই।
হোটেলগী টেবল মথক্তা
তারিবা অশিবদুগী মাইথোংদা
পাউথুম খরদি লৈয়ে—
থম্মোয়বুমু নীংথিনা শেংদোকতবা
কোকপুমু নীংথিনা শিজিন্নবা।

লেঙবা ওমজ্রবা খোঙচেন অসিদা
ঔশিং চিথোকপ্রবা কংকবা পুক্রিসিনদি
পাউথুম অমদি পীরি—
ইন্টেলেকচুয়েল বেংক্রপসি
মোরেল্লি কাউরার্ড।
অসুম্না থরায়না মতোমতা শিজবসিদা
কনানমু কপ্লদে।

অমরোমদনা মিৎতা উরিবা
চেম্মরিবা তুরেনগী মশক
আঃ
উরিবা ঔশিং।
মনুংদা চেনজিবা ঔচেল

হেন্না শেংবা
হেন্না অর্থ লৈবা
অশেংবা ঈশিংগী ঈচেল
অদুবু
কনানবু অদু য়ৌনা খঙ্থরুবগে ?

পুন্সি হায়ববু করিনা
হিংবা হায়বনা করিনো
আঃ
খুদাংদা মিহুন্দংদি হুল্লি
হকচাংগী কায়াৎ পুম্বা পংথরে ।
কনানস্থু অফবা তৌরক্রোই
কনানস্থু কা হেন্না মাঙনবা তৌরক্লোই
পুন্সিসি হিংলি হায়নবতা হিংলে

মহৌশাগী থাজবা পুম্বা মাংগ্রে
অসুন্না অসুম হিংলে
খরা ঙাঙ খরা চৎ
খরা চা খরা থক ।

# হোটেলগী গিলাস

অচাউ তচাউবা চিনবান
মোৎলবা মা
নমথীরবা ঘর
ঐ হোটেলগী গিলাসনি।
কুম্বী কালেন
লোংজু সুংশা
ঐগী কন্টমর লাকই।
কনবা
জৌ জৌ লাউবা থূৎচাউনা
পায়শিনলক্লান।
লৌউবা, থবকশুবা শিনমী
চোকথরবা হকচাং
ঐ হোটেল গিলাসনি।

## সাইকল টিপ

নুমিদাংগী চয়া লৈত্রিবা মুপাহু
পৈশাবালি শুরুনবা ওস্তা য়াহৌই।
লুং থুগাইরুনবা হোবে হোবে থোরকই
টিপ উরবা থকনা য়াওদ্রবা সাইকল লুকোকপী
সুংশিৎ ভেংথৈ হান্দুনা দরম ইনবগুম থোরকই
মাইল তরাতরুক য়ৌনবা হুমাং অর অর তানা।
মাইল অমদু ফাদ্রি খাইরম্বন্দ থোংনম্বোনবী য়ৌবদা
দুর্গপূজাগী বোম পোকথাইবগুম পোকথাইব্রে
থবকসু শুত্রে, সাইকলসু পোকথাইরে, চয়াসু হেরে
কোৎলকপ্প্যার চিংখৎতুনা স্বরইকুন ফুম্না তুমখি মুপাহু।
খোমককলাই চুরবা মচাশিংনা মপাবু ওক্না য়েংহৌই।

## ঐগী লৈ

ঐনা পামজবা
ঐগী লৈদি
লৈকোন্দা শাংপী
সুংতিগী সেবা তৌবিবা
মালিগী অতরগুলাপ্তু নত্তে।
গম্লাগী লৈরাংস্তু নত্তে।
লম্বী শেম্বগী
পৈবা নুংজাউ মরক্তা
ঈশিং চাইবিবা চাইবিদবা
কোম্বীরৈদুনি
ঐগী লৈদি।
অমাংশঙদা শাংপী
তখেল্লৈদুনি তরু তরুবী
ঐগী লৈদি।

অশিবগী লমথমদা

নোংলিক্কা নুংচুম নুংচুমমুক
চাউনা হৈথরবা,
শুক তরেৎ হয়রবা অহিংচুদা
চহী ক.ত্রিবা অঙাংচুনা
শিথ শিথ কপ্পলি—
" হঙা হঙা "
খোম মরিক অমতা
হাওরবা পিরবা মবুক্তু
লাম্মনখিচুনা ।

কবিতাগী মরোল পুম্বা
চেনখ্রে লুখাক কোমদা ।
খঙদে ঐ মঙগী মরোল্
মঙগী শরে'ন হৈতে ঐ ।
মাঙখ্রে মখোয় মহাকগীস্ত
খোঙ্গপ্ মেকৈগী মাপু মচুগী
মরোল পুম্বা ।

অমম্বা মতৈং মরক্তা
পৃথ্বীগী পোৎ পুম্বা
ইশিং শিথখ্রে

অমাং অপা লৈত্রবা
ম্‌ ময়োময়রিব' মরীমতাদু
কিযন' নিকই
অঙাংহুনা কপ্প তারগা,
মমত্রিক মশখি' মখশ্মোমহু।

মীওইবসি ঙম্বমথৈ পাঙত্রে।

অঙাংহুনা লাম্বনা কপ্পহু তারগা
মনাক্তা পোমক্রি মরক্তা ফমলিবা
চয় মরিমঙা চ'য়ক্তুবী
মপুম্নোইবনা হুন্দোকপিয়ম্লবী মমাহু
ফজি শায়বা
কংলবা মখোম পত্রাকতু শুমহুনা
ময়েংডি খোক্তে খঙনা খঙনা।
মপি শিন্থৈ গতি লৈতনা
শরুণী কংলবা তুম্বাহুনা
উক্রোং মানবা মমিৎ চফুহুদগী।

“ লাইথীংবে'ং, হে ! লাইথীবোং ”
খংলাউ লাউহুনা
সুপীহুনা খোইদংলম্মী মশম পিমোম্ম,
থাদখি নুখাককোমদা থাজবা পুম্বা।

হৌজিক্তি মীওইবনী নকুমবা:[illegible]বী পুম্বা
তৎত্রে অমুম।

## অমম্বা লৈবাক্কী তেংথাখোল

মকম অসিদা সুমিৎতি খোকলি
ওড়বু মঙালদি মম্মি
অমম্বা মঙালনি
অমম্বা মঙাল ।
পোৎ অমত্তা উদে মিৎসিনা
উম্ব উনীংদে
মিৎ পাঙনা পাঙনা চৎলবম্ভ ।

মখোয়গী মরক্তা
থা থরানমিচাক্কী লমদমদা
মঙালগী লৈবাক্তা
থবিগী মতম মনুংদা
সনাগী থাকন থন্দুনা
সনাগী তাংবন মথক্তা
সনাগী লুহুপ উপ্তুনা
মমিৎ তাংবা লাইনা য়ায়েল্লি ।

হিংবগী লুম্নবা চৈরাক অসি পুত্নুনা
মশক মচু থোক ওনবমথৈ
কোল্লুদা চপথাইবসি য়াম্নি ;

অহিং মুংথিল অনীমক্তা
পুন্সিবু মায়য়োক য়ারি ।
লৈবাক অসিদা
মখোয়গী মুমিৎ থোক্তে;
পৃথ্বি অসিদা
মখোয়গী ফম্বম লৈতে
মখোয়গী মীচঙ লৈজদে
মখোয়গী মরাইবক লৈতে
মখোয়গী বাকৎস্থ লৈতে
মখোয়গী লম্বী
শুক তরেৎ শুক্ল মম্মী ।
মমাঙদা তারিবা
শিলভরগী অতৎপা পুখমসিদা
থাদরম্বা পৈশা
মখোয়গী পুন্সিনি
মচা মশুগী তুংগী আশানি ।
সহরগী মোৎলবা নালাদা
নঙনঙ লাউরবা সহরগী মচুম চুমথরকই
হয়িংখোয়াম্বী ইল্লি ঙোং ঙোং
নমথীরবা য়াক্রবা মনমনি;
মখোয় পুম্নমক মনাতোন্দি পাল্লি
অহুবু মনাতোন্দা মনমদি ফাওদে ।

নিংথ্রি তাবা মফি শেৎতবা
শরু মপুন অমা
থরায়না দপ্তি ফংলি
পোলাংগী হুমদাংদা নপ্রুনা।
য়াম্ফক তাবমথৈ—
চাত্রবস্ত থক্তুবস্ত
হিংদবা য়াদবদগী হিংলি থক থক নিক্লা।
হিক কাইবিরি
মচান্নুপীগী মশম লিমোন্দু ফাক্তুনা
মকোক তুম্বাহুদা।
মনাক্তা ফম্মী
অতোপ্পা তম্নলাই শরুগী মপুন
চাক্লিবগী তালোই চাক্লীবী
মমিৎ উক্রোং পানবীদো
মবুক য়াংদা পক্লা;
মঙ্গলগী মশক ওইবী য়ুমগী মৌদো
চাথৎলি মখোঙ মখুৎ লেপ্রোসিনা
মথাদদি পমলি ওইগী লমদাং ওইবীদো
থা অহুমগী মচা
পীথকলি খোম
ফদি শারবা কংলবা মখোমহু শুগহুনা।
সনা লৈবাক্কী চাথুং ফিথুংদবা

চাক্লিবনি মখোৱ

চাক্লিবগী মতু চাক্লিবী

চাক্লিবীগী মৱা চাক্লিবা

চাক্লিবগী মচা চাক্লিবা

চাক্লিবগী মশু চাক্লিবা

চাক্লিবগী সত্ব চাক্লিবা

পোলাংগী হুমদাংদা নপলিবা
মীচং লৈজদ্রবা ভোল্লবা থৱাৱনা
নাহে নাহে তেংথারি—
ঐখোৱগী ইৱাল করিনো
ইৱাল করিনো ?
পৃথিৱীগী মী অমভনস্থ পাম্নদ্রবা
অমম্বা পোলাংসিগী মনুংদা
কাজিন্দুনা ঐখোৱবু
হৃৎতি অসি পীৱিবা
কৱিগীনো
কৱিগীনো ?
ঐখোৱগী তুংগী লম্বী করিনো
তুংগী লম্বী করিনো ?
তুংগী লম্বী পূম্বা ককথিবসি
কৱি মীমুংশিনো
কৱি মীমুংশিনো ?

মতুং থোক থোক ওস্থোক্তুনা
চেমখি মী পুম্নমক
ক্রিয়েট, এম্বেসেদর, ভেস্পা, লেম্ব্রেদা
চেনখ্রি চগুংননা হম্না ম্রেংদনা
মমিৎ উইশিন উইশিন্দুনা ।
ভেংথাখোন নাহেখোন্
লৈমাইগী নুংপাক্তা য়ৈশিন য়ৈশিন্দুনা
মশা কোশিন কোনশিন্দুনা মাঙখি ।
ব্রাহং হংবা চৎনদে মক্কমসিদা
কপ্পা চৎনদে
ভেংথাবা ভানদে ।

কুমগী য়েন্নিং লাকপদা
হৱাম মপাননা ঈথক হৌরকপদা
ফোংফোং শাবা খোইহিহু
খয়াংভা ওয়ো ওয়ো পাথবমখৈ
থকমিমৈ পেম্না মখোয় অনী ।
খোইহি থকমিমরুবসিরা মখোয়গী মরাল ?
অদুদি
করিগী পীরি মখোয়দা
অসুক থুমলবা খোইহি ?
মী ওইনা পোক্লবসু
মী ওইবা হায়বসি মী থরভগীনি ।

অদুবু এলেক্টি্রক করেন্ট লাকই
মোটোর পানবা হি্বল পুম্বা উংলকই
অদুদগী পিভা পানবা হি্বল অদুস্তু লৈরকই
অদুদগী পিভা পানবা হি্বল পুম্বা
মথং মথং....
অদুদগী
চাক্লিবগী মভু চাক্লিবী
চাক্লিবীগী মবা চাক্লিবা
চাক্লিবগী মচা চাক্লিবা
চাক্লিবগী মশু চাক্লিবা
চাক্লিবগী সভ চাক্লিবা
অহানবদা পিভা পানবা হি্বল অমা
অদুদগী পিভা পানবা হি্বল পুম্বা
মথং মথং .... ....

এলেকটি্রক করেন্ট লাকই হায়দুনবু
পিভা পাল্লি হায়দুনবু
হি্বল অমতং লৈবা হৌবদা
মরাল লৈতবা হি্বল পুম্নমক উংবসিদি
করি মভৌনো
করি মভৌনো ?
হি্বল অমতস্তু নিংঙাই ভৌদে
উংনীংদবা হি্বল অমতস্তু

উংঙোই চায়দে
শিখাং খাংদে ।

মখোয়গী মরক্তা
খা খরানমিচাক্তী লময়মেদা
মঙালগী লৈবাক্তা
খবিগী মচুম মসুংদা
সনাগী খাকন খন্দুনা
সনাগী তাংবন মথক্তা
সনাগী নুংপ উগুনা
মমিৎ তাংবা ল্যাইনা বায়েলি ।

বাহং তানদবা লৈবাক্তা
খবায়না অমম্বা পোলাংদ নগুনা
বাহং হংলি
বাহং হংলি ।

## অতুনা ইবনি ঐনা কবিতা

খাইরম্বন্দ কৈথেলদা
সুপী পোৎকমগী নমথীরবা অমাংশঙ মনাক্তী
য়াল্লা হারবা মনমদা কোঙ্গোম্না পীকথল্লবা
মপানথোককমদা
নোংমা থেংনখি শাৎলম্বা লৈকাচোম্না
শজিবুগী কোম্বীরৈ অমা
শেংত্রিক শেংনা অমোৎপা অমতা পক্তনা
অতুবু কনানসু য়াবিদে মাবু লৈনি হায়বা
অতুনা করুনা ।
কপ্পনি ঐনা
অতুনা ইবনি ঐনা কবিতা ।

বু য়োনকম হোটেল্স মনাক্তী
অপূম অশানা থল্লবা
হয়িং থোয়াম্বীনা ঙ্রোং ঙ্রোং ওল্লবা
হল লোকলোক চঙলবা, মোৎলবা দক্তবিন্দা
লেঙলকই লেঙলেঙ চৎলকই
হৌপৎপা ঙমদনা থাংলি, থরো থরো ওয়া
মীদা মী ওইবা, ভশেংবা তাইবং মীগী মুক্তি অমা

লংত্রিক লংনা অমকপা মচেৎ পক্কনা
অঙনা করুনা। !
কম্লনি ঐনা
অদুনা ইবনি ঐনা কবিতা ।

নাম্না রাই ভৈথোক্লবা
ধূপ থাউমৈ কৎলিবা
কোম্নুংগী গোবীন্দ মন্দির মনুংদা
শেংলবা গঙ্গাজলনা শেংদোক্লবা
শ্রীগোবিন্দ শ্রীমতি রাশেশ্বরী অনীগী
ভক্তা থোনবা থম্বাল পরেংদা
নোংমা থেংনখি
অমাংবা মকুপ ভৈশিনলবা
অদুনা করুনা !
শাউবনি ঐনা
অদুনা ইবনি ঐনা কবিতা ।

## সিনেমা

নিউজ রিলদা
পি ডব্লিউ ডিগী চাউরবা বুলডোজর
শৌজীনলকই ঙং ঙংদুনা ।
সনাকোন্থংগী শ্রীগোবিন্দগী ঙক্কা
অম্বাল চামনিপালগী লৈপরেং খোল্লি
ঝোন ঝোন লাউনা ।
শঙহৌদনা লৈনা থাকৎলকই
লোকেল পেপরগী হেড লাইন্দাঃ
" ঐ লৈ ওইবা ঙমজররোই,
ঐ লৈ ওইজনীংব্রে, ঐ হুই ওইজরগে ।"
অশুম্বা ওনখি হুই অমোম
শ্রীগোবিন্দগী ঙক্কী লৈশিংদো ।
অতুদগীদি
সহর অসিদা লৈ অমত্তা শাৎব্রে ।
খুদক্কা ডেমোক্রেসন লাকই
লৈনা ওনবা হুই অমোম ময়ামঃ
মখোয়না পায়রিবা প্লেকার্ডতা ইরিঃ
" হুই ওইনীংঙব্রে, লৈ অমুক ওইনীংঙব্রে

লৈদা ওনশিজরগে অমুক।"
তোল মম্নুংদা মী অমত্তা লৈতে
সিনেমাদি লোইত্রি,
থেংজলবা অহিং অহিংদা
হিক হিক কপ্পী
মহর শিনবা থুংনা লৈনা ওনবা হূই অমোমশিংনা
লৈ অমুক ওনবা ওমর্দদুনা।

## মুপীমচা অমা

নুমী অশাংবা অমা চৎখি শাংনা অসুম
অপাকপা অভিয়া অমা শন্দোকখি ভায়া অসুম
নৈরাং অমকাওবা শাৎতে, উচেক অমকাওবা পাইরে
মুপীমচা অমা কম্মী মতোমতা চিক্লা
ভাঁয়া মেংভি অভিয়াগী অরোইবদা অসুম
কনাসু খঙখিদ্রে মহাক্না লাকতবহুদি ।

## পাউথুম

সিন্থু নত্তে, সিন্থু নত্তে, সিন্থু নত্তে
হংবগী লোইবা নাইত্রবা বাহংগী লমবমদা
থন্দোক থনজিন শামরি ঐনা।
মখোয়না খঙবিদে কদাইদা চৎলিবনো ঐনা
ময়ামসিগী মাংমদা
ময়ামসিগী বাংমদা
আ—বাংমা অসোমদা।
চঙশিল্লি অস্থুম অস্থুম
মন্থুংগী মন্থুংদা মন্থুংগী মন্থুংদা
থিরু থূদিংদা কংলকপদি
সিন্থু নত্তে, সিন্থু নত্তে, সিন্থু নত্তে
অতৈদি অমতম্থু কংলক্কে।

## শিখিনু

শিরে হায় অখোক্পা
য়ানীংদে ত্রাদি অহু ।
নুংশিরুবদি নত্তে
অহুবু থরাবদি য়ায় তাবদা ।
ঐনা চঙশিন্দুনা থেন্মী
নোংমগী অমুক্তা ওইরবস্থু-
নঙ শিখিবা য়াত্রি
নঙ শিখিবা য়াত্রি
নঙ শিখিবা য়াত্রি
হিংগৎলকখো-ও অমুক্তদি হিংগৎলকখো ।
চুম্মী, ঐ খন্দবা ঙমদে
ঐ খল্লি :
হিংগৎতবা য়াদে অমুক্তা ওইরবস্থু
হিংগৎলকখো-ও অমুক্তা ওইরবস্থু
হিংগৎলকখো
নঙ শিখিবা য়াত্রি
নঙ শিখিবা য়াত্রি
নঙ শিখিবা য়াত্রি ।

## তুম্বা হৌদোকপা

"তারিত্রা নঙবু :হো তাখিত্রা ?"।
তুম্বা হৌদোকই কয়া।

তুম্বা নত্তে
মমিং পাংঙি
লোইনা উই
ঙাওনা শক্লা কোনবা
লোইনা ত্রাই
খুম্বদনি ঙমদবা
মশা পায়রগা নোমজনা হৌদোকই;
"তারিত্রা নঙবু হো তাক্লিত্রা
হৌগৎলকউ অমুক্কা হৌগৎলকউ"
তানা তানা খুমগেবু ইথন্ থল্লুদে
খুম্নীংবা ইপোকপু পোক্লদে
তাই তাই লোইনা তাই।
উই উই লোইনা উই
খুম্বদনি ঙমদবা।

# চংপা

ঐখোয়না মঙ মঙলিঃ

চংলি কদায়[illegible]

অস্থম চংলি।

[illegible] অদি [illegible] [illegible] [illegible]

থুনা য়ৌনিংহনা।

য়ৌদবা রাদে য়ৌদবা [illegible]

ইপুক্কিংদা [illegible] [illegible] [illegible]ং।

চংপা হৌর[illegible]

কনা মকুই[illegible];

চংলকলিবসি

কনা [illegible];

কনা য়াম্না চ[illegible]

হম্না য়েংঙি—

" হি ! কৈনো [illegible]

মচি লেঙলমজ্রি।"

ঙসাইমখৈ ঐখোয়না চং[illegible]

কৈমতা চংলমজে

আঃ অঘাবনি কৈমতা চংলমজে।

## সনালৈবাক

অমত্তু ঙাওঙি অমত্তু ঙাওঙি
মহৈ মহৈ পঙঙাওদা ঙাওঙি
ঙাওদবা অমত্তা ঙাওদে, লোইনা ঙাওঙি
মরোলদি লৌকম থঙদে
অহুগম্থু হায় বানি।
থবালবু শাংগ্রা, ঙৈবু শাংগ্রা
মতুম্থু থঙদে, কনাম্থু থঙদে।
অমত্তু চোঙঙি অমত্তু চোঙঙি
অমত্তু থেকই অমত্তু থেকই
পংচোংদা চোংঙি পংথেক্না থেকই
অহুগম্থু হায়রে জগোইবনি।
জগোইবু অমুম্না শাত্রা
ঈশৈবু অহুম্না শকপ্রা

মতাইদা লেপ্পা মুপা অমনা
চিদাইদগী লাউরকই
হো হো হো

সনা লৈবাক্কী মী
য়েৎকী লমদাং ওইবশা
ওয়গী লমদাং ওইবীশা
অরাপ্পদা লৈবা অনকপদা লৈবা
লৈবাকমচাশা ! কায়রে, কায়রে,
লাইরেনমথেক কায়রে
লাইরেনমথেক কায়রে ।
রাদমক ভাঙবা লৈবাক অসিদা
লাইবুংথৌ মাপল
লাইমুরা তরেৎ না-ওইনা তাখিদ্রে ।
অদুবু
ভাংবা হৈতবা কনামতা লৈতে
খঙদবা রাফম অমতা লৈতে ।
মতাইদা লেপ্পা ভন্থা মুপাচু
লাইরেন মথেক মরক্তা য়াওশিনগেদি খন্দে
চুমথোক্কেদি খন্দে
মাস্থ লাউবদনি লাউবদা ।

সনালৈবাক্কী মী খুদিংমক
য়া ভাঙবদনি হৈবা

চঙশিনগেদি খন্দে
য়াওশিনগেদি খন্দে ।

## পারা অমথক

নখোয়গী নরক্তা
ঙসি ফাওবা হিংলকপসিদা
পারাসিমদি তশেংনা তমজরে :
হৌজিক্তি
মীদা আশা পংডৌ তৌররোই ।
অরোইবদদি মীওইবদা থাজরুবা ঐনা
ওইরকদৌরি অরানবড়ুম ।

মহৌশাগী ঈশ্বরবু হাৎতোক্লগা
লাইগী মহুৎ শিনগনি হায়দুনা
মীওইবনা মতম অমদা চঙশিনখি
লাইশং খুদিংদা ।
ও !
মীওইবা
নংত্সু আত্মাঘাট তৌজরেদো ।
হৌজিকপু কনানা কনাবু থাজরুগদগে !
কন্তবা মী লৈতে
অকবা মী লৈতে

অদুনা, পংশাউ শাউরুবগী কান্নত্রে।

ভৌরিবা হায়ববু

ঐখোয়স্ন হিংলিদনা—

সিদং হায়বা য়ানবা ফিংবা

সি নত্তনবু

কনানবু অরোইবী রাহংচু ফাওবা খস্থরুগদগে ?

নখোয়গী নরকসিদা লৈনা লৈনা

লাঙলবা মরকসিদা সহরগী

ইতোমতা ঙায়বগী

চিক্লবা রাখল অমদি

কয়া ফাউরি থম্মোয়দা।

অদুগা তশেংবস্থ

কনানবু ঐবুদি তরাম তরাম ভৌবিগদগে

মরমদি

ঐদি মীভোপনি।

মরমসিমক্তনি

ঙমত্রিবসি ঐনা চঙশিন্দুনা কম্বা

ননাক নক্লা

অদুবু

নঙনা ঙাঙলিবদুদি তানবা হোৎনরি,

তাম্থ তারি
মমি শামিদং ।
মনুংগী কাদদি
ডাইরিমাল্লে থল্লি ঐবু
কা খিল্লি লানগদবগী ভপ্তুনা ।
ভশেংবনি
চহি অস্তক য়াম্বগী পারাদি
মসিমথৈতনি —
হৌজিক্তি মীওইবদা আশা
থম্মুবগী কান্নত্রে ।

## লাইওয়রবা সনাখোংনাং

ও ! মুংশিদা



সহরসিগী ময়াম্মক্তদা
চহী কয়া কয়া পুন্সিরবা
লাইওয়রবা সনাখোংনাং অমা
লেপকং কংশিনলক্লি অদুম
লেপকং কংশিনলক্লি অদুম ।

সনাখোংনাং অসি লাম্থোক্তুনা
চৎখি মুপী মুপা
চৎখি হরাগাড়ি
একাগাড়ি
রিক্সা
স্কুটর

সনাখোংনাং অসি লাম্থোক্তুনা
কৈথেল কারকই কৈথেল কুমখি
ওফিস কারকই ওফিস কুমখি
লাইরিক তম্বা কারকই লাইরিক তম্বা কুমখি

কাৱকই কুমথি

কুমথি কাৱকই

কাৱকইকুমথি

নোংঙানবদগী সুমিৎতাবা কাওবা

সুমিৎতাবদগী নোংঙানবা কাওবা ।

অকা অকুম্বা ঙাওনৈ

লাইওয়রবা উ অসে

লেপকং কংশিনলক্রে

লেপকং কংশিনলক্রে

ও ! সুংশিদা



ও ! সুংশিদা



অহুদগী

কৈথেন্দা

পোৎ তমথোক তমশিন

পৈশা হন্দোক হজিন

অকিপতা

কাইন শুথি

থিটিং কয়া জৌথি ।

সহরসিগী চিদাইদা
পি তাখি খিৎতগী
সহরসিগী মচা খরা
খম্মোর শোকখি
খম্মোর রাম্মা শোকখি।

রাঙী শানৈ
কৈখেল অকা অকুরদা
অংাঙবা মত্তমদ.

লাইগুররা সনাখোংনা অসি
পুন্সিররবনি চঙী কয়া
নিংপৌরোল কয়া চিংলরুবনি
নৈবাক অর্সিগী
রাখোক কয়া খেংনম্বরুবনি
মত্তমদুন
মন পুংম্ম কয়াদা
মত্তমদুন খুনগী পোস্পীচেরু কয়া'না
কাইদোংনম্মী কয়া হৱাওন
খোঙজরম্মী মখৌ পোংনা
মপুক খনজখি সনাখোংনা'সিগী
মহৈ চা চাদুনা।

খুনগী মুপী কয়ানা

হৈরুক ভাঙ্গা পানা ভাঙ্গা

মচু কয়াগী ফিরাল কয়া

কংখি

মচাগী মশুগী মশাংগী মপুরোইবগী

নিরৈ পুন্সি

মতমতুদা কয়াদা য়েংবা মুংঙাইরবা

মচু মচুগী ফিরাম্না

মালংদা নিংতম্না পাইবদো

কয়াদা মুংশিদ্রবা

কয়াদা ফজদ্রবা

সনাখোংনাং অসি লাম্হৌতুনা

কোমুং কারকই কোমুং কুমলকই

কৈথেন কারকই কৈথেন কুমলকই

কারকই কুম্লকই

কুম্লকই কারকই

কারকই কুম্লকই ।

অহুবু

ওসিদি লাইওয়রবা সনাখোংনাংসি

লেপকং কংশিনলক্রে

লেপকং কংশিনলক্রে

মুংশানা মাক্রবদা
খোংনাংসিগী মথাদা পোথাবৈ
লোংগ্রাক লোংনা হিপ্তুংনা
বানা চংজুরগা চেনশিনলকই
মাগী মথাদা
শত্তমদুনা
লমসিগী মচাশিংনা
পুক্রিং কয়াদা লুমখা
খরাম মিরেন কমা লুপ্পখা
নোংমুংশিং কমা থুপখি
মুংশা কম: থুপখি ।

৩.
লেপকং কংশিনলক্লেদো
লেপকং কংশিনলক্লেদো
মুংশিদা ।

★
ও ! মুংশিদা
★

কৈথেননা
পাকথোক্রকই অমুম
চাউথোরকই অমুম
চাউথোরকই অমুম

অচুরগীদি
কৈথেনগী মীনিল
সিনেমা হোলগী ঈরাং
নোংঙানবদগী তুমিৎতাব কাএবা
তুমিৎ তাবদগী নোংঙানবা থাওবা
লেপ্পা লৈতনা লাউরি কৈথেল ময়াইদা
লমসিগী হয়ুবী অমনা
য়উল থুইরবী অমনা
চহী কয়া পুন্সিরক্লবা
নিংথৌরোল কয়া হিংলক্লবা
লাইওয়রবা সনাখোংনাংসি
সুহরসিগী য়ুম্বারমক্তদা
লেপকং কংশিনলক্লে
কনা কনানো চোংথোরক্লো
সনাখোংনাংসি কননুরাও
সনাখোংনাংসি কননুরাও

কৈথেনগী সন অমা
কুনলম্বদগী হৌপংতুনা
মতুং ওন্থোক্লুনা চৎখোকখি।

মথক্তা

নোং মংখি কুইনা
অত্রবু তাদি তারমত্রে
মংলগা তোকত্রে অত্রম।

সহর পাকথোকলকই
লম্বা শেস্বা লাকই
ক'ক্রক কিল্লা কিল্লা পৈপৈর
ত্রেক্রর খৌজিনলকই
রোলর খৌজিনলকই
ভংভং ভংচুনা
কোলাস লোল্লকই
মৈ থায়কই মখোগুদা
মখোগুদা নুং চনশিল্লকই
মখোগুদা কোইলাস থাজিমলকই
অস্তুম তকশিুমলকই
অস্তম তকশিনলকই
অত্রুদপী
লেপকং কংশিল্লকই অস্তুম
লেপকং কংশিল্লকলি
রোংম রোংমপী
লেপকং কংশিনলকলি।

লবসিঙী হন্নুবী অতুনা লাউরি
লাইওয়রবা সনাখোংনাংসি
লেপকং কংশিনলকলে
কনা কনানো চোংথোরকলো
সনাখোংনাংসি কনলুরাও
সনাখোংনাংসি কনলুরাও

হন্নুবী অতুনা লাউরি ·

নোংমা
নৈরমক্রে লাইওয়রবা সনাখোংন
সকরগী ময়াম্দা
সনাখোংনাং তুক্রে
শীংজংনা থাইদোকক্রে
লমসিগী ম'চা খরনা
নৈ থ'দোক্লবা ।

হন্নুবী ময়াম্বা কপলি
লমসিনা কপলি ।

য়াম্হোকপ্রবা সনাখোংনাংগী
ত'হোই মরূ নৈমাইসিদা
মরূ মপুংগী মরোমনা
কোনশিজরি থবাইদু চেৎনা ।

## এয়ার ফিল্ড

প্লেন তারকই ফিল্ডদা
প্লেন্দগী কুমথৈ অনৌবা লমদমসিদা।
অনৌবা লমদা থুংঙবগী হৌনবা
ইনৌ নৌই.
কোয়রেং য়েংনিংঙি।
অদুবু
অনৌবা লমদমসিগী এয়ার ফিল্ড অসি
ইহাও হাওঙি
মী লৈতে
লাই লৈতে
উ হৌদে
উচেক্ পাইদে।
অহাওবসি মেনশিনগে
চঙশিনলি অস্থুম অস্থুম
অহাওবগী অহাওবা মরক্তা।
কনানা ওকশিগনি
কনাগা উনগনি

কনাদা পাউ অসি তমগনি
কনাগা বাম্নী শাগনি
কনাগা লৈগনি
কনাসু লৈত্তবা অহাঙবা মকমসিদা।
ইশাবু অহাঙবনা কোম্মশিল্লি মাইকৈ মরিমঙ্গা
অহাঙবা মরকসিদা লেপলি ঐনা
অহাঙবসি মচেৎমতা মেনশিনবা ঙমদনা।
হোয় মকমসিদা কনাসু লৈতে
কনাসু মরী লৈনদে।

## উকক

চৗংলকৗ নবেন্দা
নৈবম্মী তাঙ্গুনা
উকক অচৌবা অমা
চৗ মরি মঙা
কনানস্ত কম সেংবিদে।
মানস্ত সেংলুংদ কনাবুস্ত।
উপ্রমতুম ওটরবনি
উচিনাতুম শৌরবনি।
সোংমা করি কল্লুবা খঙদে
নুং পেক্রুবনী কল্লকপদ
থাঙ্গংতুনা হবাগাড়ীদা
পুরকই যুমদা। উপুমতু
শীং থানগে হায়না।

খায়দোক্রুবা অয়ুক্তা
শীংজং পায়তুনা চঙলুই মনাক্তা।
হায়রকই উপুমতুনা—
খায়রয়ো, লাউ
নঙবু ঙায়রমলিবনি
চৗ অস্তুক মায়সে।

নীংশিংলকই মপোক কয়াগী বারী
মশক উদবা মরী
খংউ উরকই।

## ঐ অমসুং সাইকল মন্দিলা

খঙবগুমসু মতৌই, তাৰিবা মখোনসে
অমুক তাপ্রবগুম মতম অমদূ:
মীংথি থৱায়বা।

হকথেংনজরবসু ঐগা মাগা
খঙলরোইদো মন্দিলা!সিনা ঐবু'দি
মাবু থিংলিবা।

চৎথিন্নরুবনি লরাইগী লম্বেল কয়াদা
উফুলনা রাবা রোৱবা
রাউরবা কাংেনগী, পুথিৎ চপ যুংবদা।
লোংমসু
লোংনা ইচোৎ চেংনা কোয়থিন্নরুই
মাগা ঐগা উগী উথা কন্নাদা।

ঙসিগুম্মদে।

নিত্তিগী খিংবনি
লোইনম্লবতা লৈবনি
ঐনসু নিংশিংলুদে ঙাননমথৈ
বাহীদো মাগী ঐগী।

ঐগী থবায়না মরুপ শারুরে
শিন্তরুরে ·পী মরিক
ঘাগী থব য়গা
ঙসিদি মী চিনলবা সকয় মমায়সিদা
পোম্থাকম নৈত্রবা মরকসিদা।

থবায়গী থবা'য়
পুন্সিগী পুন্সি
অমদগী অমা শেম্বনি।

ঙক্লিরিগনি ঐগী সাইকলসে অচুগুম্বা
ঙসিদি ঐগী থুংশানা পায়বসিদা
খ্বাইবু লা'উরম্মগনি।
কাউরম্বা য়াই মঙোন্দসু
ঐঙোন্দা কাওরিবসিগুম
শকখঙদবা ইঙ্গিত অমা
নকশিন্নরম্বগী মাগা ঐগা
মাগী থবায়
ঐগী থবায়নি।

ঙসিদি কৌরকই মীবামগী সমুদ্রসিদা ঐবু
ত'ম্লবা মখোয়গী লমদমচুদগী।
ঐগী থবায়গী লমদম
ম'গী থবায়গী লমদম
মকম অমতনি।

নোংমা লৎথখি

খোইদৌ শাউগৎলব!
মুপা অমনা নোংমা
পুন্সিগী চমকি পূম্নমক খোম্লগা!
খোং নম্বোনবী মথক্তগী
নপুল তুরেলদা লাক্কুনা থাদখি।

মকু হুরবা খোঙজাংবোৎ অমনা
মবুক মমুং অহু হোৎতোকখি
কৈন্সু অমতা কাম্নখিদ্রে পুম্নমকসি
অকোনবদদি।

# কৈথেন সন

ইলেকত্রিক থাউমৈনা ভস্ফা থিনলবা
অহিং অতুদ।

ভূমনীংবনা ঙাওরবা
কাও থারবা
কৈথেনগী সজাওত্নুনা
বেড কোভর য়োনফমগী
কৈথেন শঙশাংদা
শাইগুপ শাইনা শাইনা
কূনলত্নুনা ঙক্লি—
করিগী
করিবু
ঙাইরিবগে ঐনা ?
কদাইদা
করিগী
লৈরিবনো ?

এলেকত্রিক থাউমৈগী মৈরি
ফ্লুরেসন থাউমৈগী মৈঙাল
হরাগাড়ি মখোলগী ঈরাউখোল
চঙস্রে
সনজাউ অসিগী ঈ-তোংদা।

নুং চনবা লৈমাই
কোংকোং শান্নি মনিল কানা
কমজিনলম্বগী গমশা য়োনবী
খেড কোভর য়োনবী মৌনহাশিংনা।
কা য়োনবী
মৌ নহাগী
অশাবা স্বরদা
ন্নুম্নু লুম্নু শাহল্লি
মশাহু শুসি।

পোদোনগী ভেরসিং ভেনকালিনা
খ্বাইরম্বন্দ কৈখেল ইমম মম্মৌ
উফুম্না ফুল্লি স্বর
ন্নুপী পোৎকমগী য়াক্লা নমথীবৰা
মরম।
চিংশিল্লি স্বর শাংনা
কৈখেনগী সনজাওসিনা।

পোৎ শিৎত্রবা পোৎয়োনবীশিং
শাম্মৈ
টাস ইকোম কোম্রনা কমহুনা।

"শাবী ইবুংঙো ন্নুংশিবা
থংজেনগী ইমান মচাদি পাম্মুবা

ননাও ঐদি—"

খুল্লং ঈশৈগী স্বরদ লাউখৎলকই
অত্থদগী

অমনা—
য়ুমদা হৈংহৌবা মহোই মপাদো
সুংশিরকইদা নীংশিংলকইদা
সুংশিদা"

নোকমিয়ে মখোয় ময়াম
ভাউনৈ পুন্সিগী ইচেলদা
পোৎয়োনবীশিংদো।
কাউথোকই অরা অনা
লুপ্পী পুন্সিগী ঈপাকমুংদা।

ভাহোই শমজিরৈ অমা
ভখেল্লেদা তুলশি মঞ্জুরি নমশিনবা
শয়াংলক্তগী চেংহি মনম নমলবা
লীররি কৈথেন শঙশাংগী
লৈমাইসিদা
ঙসাই ঙংলগ্ন। নহাক্তগী বারী।

ওমগত্রা ছন্দোকপা
সভ্যতাগী খুৎশাশিংনা
চেম্বররিবা ঈচেল!

য়া য়া লাউনা চেন্থরি
মীয়ক অম্লিদা
নখোয়গী খাঙ্বা ঙক্কন্দ্রবা, ঈচেল।

থল্লুরগা মশাদু খরদি য়াংজৈ
পাউদুম কংজবদা।
কনায়া হায়রিবা
হৌজিক্তি য়াওদ্রে পুন্সিদা পুন্সি ?

ঙসাই মী পোৎলোইবা য়াওরুবদগী
য়াহংনা মখোঙ পান্দুনা লাকখি
সনজাওদুনা থল্লি—

কদাইদনো
ঐনা খৌরিবসি ?
চাইথাইরে ঙসিদি
কুয়াদোলান মরকসিদা ইম্ফালগী
লৈত্রে ভিম্নবা
পুন্সি।

ঙসাই থেংগাই থেংগাইনদুনা
মোনলবা মশা অনী তক্কুদুনা
মৌনহাদুগা
পাখং তনাপ্পদুগা
ঈঙ্গিতকী মরোম্দা

চৎমিন্নখিবদু
মীংশি'লুরগা খল্লি—
ঐশু লৌশিল্লিদনা পুন্সিবু
লেপ্প। খাখিবদি নত্তে।

পাউরার হ উসকী
ইঞ্জিন্না ঙংবগী
ম্রাক্লবা মখোল
লাপ্প। থমত্রে ঙসিদি
নখোয়গী পুন্সি।
ঙমগদ্রা অক'মবা মচেৎ অনী
ত্তিনশিন্নবা
মুংত্তি মুংত্তিগী ওইরিবা
থরায়গী সিনেমাদা।
ঙমগদ্রা শাৎপা খোৎলবী থরাইগী
কোম্বীরৈনা

কঙলবা নুং চনবা
লৈমাইসিদা থিনগৎতুনা
মুমিৎচুম্না
মীগী খোঙপাক্তনা নেথৎপিরবসিদা
হিন্নবগী অমতা ওইবদা?

অহুবু

চেম্বরি নখোয়গী পুন্সি
বস, ট্রক্, কার, স্কুটর, রিক্সাগী
চঙ্ংনবা চেম্বরিবা নখোয়গী ঊচেক।
কৈথেনগী সনজাওদুনা
উইরুম উইরুম তোদুনা
শাইগুপ শাইনা শাইনা
অমম্বা লৌশিল্লি পুন্সিবু
বেদ কোভর য়োনফমগী শঙশাংদুনা॥

# কৈরাক

ফিরাল য়ুংলুরবা ভম্বদুনা
লাউরকই—
য়েংঙ্ ইতিহাসকী লম্বীনি
য়েংঙ্,
মীওইবগী চাউখৎপা য়োবা কৈরাকনি:
নঙস্থু কারকউ মসিদা
মীওইবগী মহিক্ মগুণগী
পজেং ফিরাল য়ুংলম্মু নঙস্থু।

ঐনা য়েংলুই
মচুদা ঐনা উই—
মী ময়াম অমা লৈবা
মী ময়াম অমা
মরাল লৈত্রবা গতি লৈত্রবা মী ময়াম
মকোকশিংদু লুকথৈ লোইনা
মফি মবোল নানবা কাংবু অমনা
হোৎনরি কাগদবগী মীশিংদুগী মথক্তা
ময়েংবান অমদগী ময়েংবান অমদা

মরেংবান অমদগী মরেংবান অমদা
অতুগা মচিন্দা শোল্লি—
অমুম্না কাখিবা ঙাক্লি
মীগী থাক থাকসি নেৎ নেৎতুনা
মাই প্রাকখিবশিংছু;
মসিদি মকৌশাদগী ভৌরকপনি।
মীয়াম অদু মরু লুকথতুনা লৈরি
মীয়াম অমনা হোৎনরি কাগদবগী
মীয়ামদুগী মকোক্তাংব্রেং নেৎতুনা।
মীয়ামশিংদুনা কাহনখি
মখোয়গী মর্থক্ত নেৎতুনা
মঙালগী লৈবাক য়োনবা
কান্ত্রিদৈঙদা বাশরুম্মী মখোয়দা
ঐখোয় পুম্না চৎমিন্নরিবনি
মঙালগী লৈবাক ভম্না
মঙালদুনা ঙালগনি নখোয়মসু ঐসু।
অদুবু
মখোয়গীদি অমম্বা কোকত্রি ঙসি ফাওবা
ঙসিফাওবা লুকথরি মকোক মখোয়গী
চৎহল্লি ঙসিফাওবা মখোয়গী মকোক্তা নেৎ নেৎতুনা

ঙসি ফাওয়া

মী মন্নাম অমা লৈন্নি মকোক নুকথহুনা

মী মন্নাম অমনা হোৎনন্নি কাগদবগী

মীয়ামদুগী মকোক্তা নেৎ-নেৎহুনা।



